# য়াইবীরোল পথুপ
# নুংলোন থম্বাল

( Conspiracy )

( In the beginning was the word, and the word was with God, and the word was God. (John 1-1)

So God created man and woman in his own image, the image of God created he him, male and female created he them. Gen. 1:27 )

অইবা
রাজেন্দ্রাকুমার

মমল লুপা ৪/—

ৱাইৰীৱোল পথ়প মুংলোন থম্বাল

থৌন কলা একাদশীগী মতেংনা কোংজবা।

# ৱা অসতং

"ৱাইৰীৱোল পথ়প লুংলোন থম্বাল" হায়বা লিক্ষ্মা লইৱক মচা ইপা ইপূনা থৱীৱদা থ়প্লবা লাই নংলোম্বগী খোমজিন তাশিন ইজবনি। মরু শিদবনা ঐবু শক তাকে হায়চুনা মচা অতোপ্পা কোৌজন তুখোকপদা হকচাং মুংগী পাকন তরেৎপু য়ুম শুইনা পুখোক্তুনা য়ুমগী তাংকম হবেৎ তাকপীরগী—(১) সনাথহি কাচিন। (২) হৌদোং চাথাকব (৩) মুজা। (৪) লৈমরেন কা। (৫) থোংগাবেন। (৬) চুরি তাকব। অমসুং (৭) থাংজেনকম। লাইরিক মচা অসিদা অমিদা অসিগুবা পাকন হবেৎ অসি হকচাংদা তুমগা লৈবগে তাঙ়বহ শপ্পা উচরি। অমাং অপা চিথ নাহ্বা কয়া তাকপীরক্রবদি থাম্বা মুংগাইজগনি।

লাইরিক অসি পুখোকচনবা হৌজবদা তাক্লিরকপা অমদি ভেংবাংবিরকপা থিবাকা মকমদা ইকোক নোক্লি।

রাজেন্দ্রাকুমার

Dated 28 Feb. '84. হিয়ংলেম।

# ৱাহৈ খরদং

রাজেন্দ্রকুমারগী থুদোক্না মাইথীরোল পথুপ শুংলোন থম্বাল কৌবা লাইরিক মচা অসি পাজরে। লাইরিক অসিদা মৈতৈগী অরিবা মাইচৌশিংনা মিংছল কাংলোক্না কদায় কাওবা থংলময়বগে হায়বহ্ন মরেক শেংনা তাক্লি। মীওইবগী শরু পোলাং মসিগা ভংন-থানবা য়াত্রবা শিংলি নাওরিশিং অসিগী হোঙান হোঙাও। মমিং, মখোয়গী তিল্লকমশিংদা লৈরিবা অশেংবা দেবী-দেবতাশিংগী মতিক মগুন অমদি শুংলোন থমবালগী অশেংবা বর্ণ করমবা সাধনা কংবা ওমগদগে হায়বহ্ন লাইরিকশিনা মক্কওইনা নৈনরি। অচম্বা যোগ তপস্যানা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু নুংগা শুংঙাইবা পিবা ঙম্মোই। মীওইবগী ইশা ইশাদা লৈরিবা জীবত্মাবু মশক থঙগে, শুংঙাইহনগে ১দি শুংশাংবা পুন্সি পুরকে হায়রবদি লাইরিকসি নৈনবদা মক্ক ওইবা মতেং য়াম্না ফংগনি থজে। নহা ওইরবা অইবদগী হেরমসিদা ৱাংতুনা লৈরবা সাহিত্যগী মচাক কয়া ছুংদা ফং-লগানি হায়বগী আশা থমজরি।

মাইবম নবকিশোর
হিয়াংলম অৱাং লৈকাই।

ওঁলৌ য়াবিরেন শিদবা
তাইবং মপু পুম্নাবও !
পুকমজরি নবোংখা,
খুয়া থবাল মানবু"
নুবাং মচাং খুমন শুক
অহম মকপু শুপ্পা নহাকনি।
"য়াইবিরোল পথুপ মুংলোন থবাল"
কৌ' লাইয়িক অমতং
নখুয়া খাদা কচ্চগে——
অয়ানবা খিবিক চাকপিয়ু;
অশোয়বা কয়া য়েংবীয়ু ;
পুলৈ য়োখা ননাইনা
নখুয়া খাদা নোনজরী।
জৈ, জৈ, জৈ।

তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী হকচাংদা য়াম্না মরু ওইবা অচৌবা শিংলি মঙা, তরেং অমদি কুন্থানিথোই, শরুনা মীওইবগী শরুম ল্যাংবঙম, ঐখোয় খুদিংমক্কী হকচাংদা মাগা মাগী ওইনা লৈকমশিং লৈ। মসিবু চংনবী শোন্দা শিংলি পাক্লেন (ধুক ধুকী) কৌই।

মীওইবগী হকচাং (body) মনুংদা ইরা অমম্মুং শিঙ্গলা হায়না কৌবা য়াম্না মরু ওইব্রবা শিংলি অনি অয়াম্বদা তিন্নরা লৈ। হায়রিবা অনিগী তিন্নকমশিং অসি থম্বালগী মতৌগুমই অমম্মুং অতংপা লৈতনা ধুক, ধুক, ধুক তৌহনা লৈ। মকমশিং অসিবু মুংলোন থম্বাল (ময়া চক্র) হায়না কৌই।

ইরা অমমি শিঙ্গলা শিংলি অনি অসিগী তিন্নকম অসি কোইরক কোই। অতংপা লৈতনা ধুক, ধুক তৌহনা। য়াকম অসি থ ইনগী মাইচৌশিং, লাইনিংহনশিংনা য়াম্না কুপ্না থংবিরমই। মহাঋষি গৌতম মসিগী মপুংফাবা শরুমনি

মরু ওইবা (main) শিংলি মঙা অমদি তরেং, মীওইবগী শরুগী মকমশিংদা ধুক, ধুক হায়না মতম পুম্বদা ইচেল লেপহন্দনা লৈ। অমম্মুং থম্বাল (ময়া চক্র) শিং অসিদা মতম পুম্নমক্তা তিন্নহনা লৈ।

মমাংগৈগী লিরবা তন্ত্র সাস্ত্রকারশিংনা থম্বালশিং অসিগী মরমদা য়াম্না কুপ্না শিংথারমই। তন্ত্র পুম্নমক অসি শিব মহাদেবদগী (ইহৌপানবা) থোকপা য়াম্না শেংলবা মুংগী ওাকনি। অসিগুম্বা থম্বালশিং অসি কাওনা চংখোম্না সাধন তৌবা ওমজরবদি জিবনা

মথং মথং অমুগ, অসুম ব্রহ্মগী পুংশ্লাইবা মহৈ-গুরুমক ফংজবা ঙমই।

"য়াইবিরেল পথুপ জুংলোন থব্‌াল" হায়না কৌবা লাইরিক মচা অসিদা তন্ত্র শাস্ত্রগী মতুংইন্না য়াইবিবগী (থরাইনা) থগুনা লৈরিবা থব্‌ালশিং অমসুং মখোয়গী লৈকম, মতো মওং, থব্‌ালশিং অদিদা লৈবা লাই তিন (দেব দেবী) শিংগী শক্তি-নচিংবা কয়াগী মরমদা শমলপ্না কোঃদোক্লুনা অথোইবা ব্রহ্মগী জুংশ্লাইবগী কোংদোকলি। অমসুং থমবালগী ভোঙানা ভোঙানবা গুনসু তাকলি।

( মীওইবগী মেরু দণ্ডদ য়াংলেন শক্তিনি। )

১। মীওইবগী য়াংলেন শক অসিগী মপান ওইথংবা নাকন্না ইরা হায়বা শিংলিনা থা ওই অমুসা য়েং হংবা নাকন্না পিঙ্গলা হায়বা শিংলিনা লুমিং ওই, মীওইবা জিবনা হিংহনা লৈরি। অসিগুম্বা শিংলী অনি অসিগী ময়াই, য়াংলেন শকপী অহোবা মথুংদা মেরুদণ্ড থংনা মূলাধর পদ্মদগী (থাগী থমবাল; কুণ্ডলীনী) কোক কাওবা চংপা সুসুম্না কৌবী অতোপ্পা শিংলী অমা লৈ।

শিংলী অসি থোইদোক্না শক্তোইহিদাক মপানগী মতোংমা চৌরোক চোবা মচু য়াম্না নিংথিজবা লুমিং, থা অমদি মৈগী মশক ওই। অমুমওইবা সুসুম্না শিংলগী মথুংদা থা চন্দ্রগী (কুণ্ডলিনিদগী) কোক কাওবা থুংনা ব্রজ হায়না কৌবা য়ামনা অংবা শিংলি অমা লৈ।

২। ব্রজ হায়রিবা শিংলিশিগী মথুংদা প্রনবনা তিনব ও

ওঁ হায়বগী খোল্লেনগুমবা, যোগীশিংগী যোগগী শক্তিচনা কংবা থমবৌ মশিংদগী হেন্না কুপ্পা ...... শিংলি অমা লৈ। শিংলি অসিনা মেরুদণ্ডগী মনুংদা খাগী থমবাল, (মূলাধর or কুণ্ডলিনী) (খোয়থা থমবাল) স্বধিস্থান (খোইদৌ-মথা খুদোল মরি হায়থবদা লৈবা খোইদৌ থমবাল, (মনিপুর) থম্মোয় থমবাল (অনহত) খৌরিচরম থমবাল বিশুদ্ধ অমদি পিণ্ডম থমবাল (পিণ্ডম অনিগী মরক্তা লৈবা) অজখ্য হায়রিবা থমবাল ভরুক অসি শম্লহনচনা লৈ। হায়রিবা থমবালশিং অসি মৈরা অমমমগী মতৌগুম্না য়ামনা লাই।

৩। অসিগুমবা থমবালশিং অসি যোগ অমদি তপষ্যা হায়বদি লাইনিংবা সাধন তৌবশিংনা বুদ্ধি-জ্ঞান শেংনা হোংনজ্রবদি অসিগুমবা শিংলিদা কাওরিবা ইচুন অসি থংবা গুমবগী শক্তি লৈত্তে। মসিদি য়ামনা অকনবা তপস্যগী পাজলতনা থংগদবনি।

হায়খ্রিবা শিংলি অচুগী মনুং অচুদা কা হেন্না কুপ্পবা ব্রহ্ম কৌবা শিংলীনা কুন্দলিনীগী মনুংদা (শিদনিনা গুহদা) লৈবা মূলাধর (খাগী) কৌবা থমবালনা লৈবা, শিব লিঙ্গগী মচিন মনুংদগী খোরক্তুনা কোত্তা লৈবা মনা লিশিং অমা পাননবা থমবালগী (মহা কুণ্ডলিনী) ঈশ্বর পরমাত্মাবু খুৎশমননা লৈ। অসিগুমবা শিংলগী অহোবা অমদি কুন কৌবা লমবী অমম্তুং সাধক্কী মশক ভশেংনা থংলবা নহাক অচুনা মাগী জীবত্মাবু কোত্তা লৈবা পরমাত্মাগা অমত্তা ওইনা (লিংখিতনা) তিন্নবা ওবলবা মহাক অদো প্রকৃত যোগ অমম্তুং ব্রহ্মানন্দ ভোগীগী

মুংঙাইব পুম্নমক কংই।

(৪) খ্বাইদগী কুপ্পবা ব্রহ্ম কোবা শিংলিবু শক খঙলবা সিদ্ধান্ত ওইরবা মীওইশিং অহুগী পুক্কিংগী মঙ্গংদা লোংখ্যং- [illegible] জ্ঞানা ভিন্নবা অসিগুম্বা শিংলিবু খঙলবা অমদি যৌগংহনবা ওন্নবদি সাধকনা আত্মা অমসুং পরমত্মা অহু লেংন্নবা জ্ঞান কংহনা পুম্নমক্কী হেন্না মুংঙাইদনা লে।

ব্রহ্মনাড়ীগী মাচম্দা খ্বাইদগী ৱাংবা মনা লিশিং অমা পাম্বা থম্বালদগী লিস্থরকপা ঈচেম্না চংননবগী মকম লৈ, মদুবু ব্রহ্ম দ্বার কোই। অসিগুম্বা লিমকম মকম অসিবু পাণ্ডতশিংনা গ্রন্থস্থান (সুস্থুম্না শিংলিগী মচৌন) হায়না শিংথাই।

হৌজিক মথং মথং ওইনা মুংলোন থম্বালগী থম্বাল পুম্নমক্কী লৈকম মওং মতৌনচিংবা কয়া পীজরি।

১। অহানবা থম্বাল (মুলাধর পদ্মা)

(৫) সুস্থুমনাগী মথা লিঙ্গগী খা থংবা শরুক্তা গুহ্য দেশেরগী মথক্তী শরুক্তা অধার পদ্ম হায়বদি অহাম্বা থম্বাল লৈ। অসিগুমবা থমবাল (পদ্ম) অসি কুলকুণ্ডলিনী শক্তিনচিংবগী অহানবা অধারনি হায়দনা মুলাধর হায়না কোরে। হায়রিবা থমবাল অসি মমায় মথা ওল্লি তৌইগুম্বসুং সাধকশিংনা সাধনগী মতমদদি মসি মমাই মথক্কি হায়না খনম্বনি। অসি- গুম্বা থম্বাল অসি অঙাংবা মচুনি। মনা মরি পাল্লি। য়ামনা

নিংথিজে মনা ফুদোংবগী মচুনি, বদি আন্ত হায়বদি বং, সং, য়ং, শং বনা গৌবা অনা পোত্বা ময়েক মরি লৈ।

(৬) অসিগুম্বা মূলাধর হায়রিবা থম্বাল অসিদা চতুর্থ কোন (মায়কৈ মরি চাং য়াম্বা) চক্র লৈ। হায়রিবা চক্র অসি য়াম্বা লংই মনা শিপাল পাললি। মিতুম্না মায়কৈ মরিগী কোইনা মচুগী ময়াইদা নোংথাংগী মতৌগুম্না (পীত বর্ণ) শাংলৈনবা মচুদা য়াম্না ঈংবা অমসুং অথোংবা মঙাল পী। পৃথিবীগী বীজ কারন (ল) লৈ।

(৭) অসিগুম্বা মায়কৈ মরি চপ মান্নবা থম্বাল অসিদা পামবোম মরি পানবা পৃথিবী চক্রগী মনুংদা লৈবা পৃথিবী বীজগী (ল) অধিদেবতা লিলগী নিংথৌ, ইরাবতকী মথক্তা তোংহুনা পামবোম মরি পাগ্না সোরারেনগুম, ইন্দ্রগী ক্রোড়দা অনৌবা মুমিংকী মতৌগুম শাঙ্গানবা মচুনা কুপ পামবোম মরিনা নিংথিজবা, মাইথোং থমবালনা মাইক মরিদা সাম, ঋক, যজুর অমসুং অথর্ব্ব বেদ মরি থংবা সৃষ্টীকারী ব্রহ্মনা জগৎ শেমবা অঙাংগী মতৌগুম্না লৈ।

(৮) অসিগুমবা চক্র অসি প্রলয়গী মতমদা মতম অমতদা মুমিৎ তরাশিথোই পুম্নপ থোকুনা শানবগী মতৌগুম নিংথিজ মফমসিদা পামবোম মরি পানবা কুচু য়াম্না লংবা ডাকিনি কৌবী দেবীনা লৈ। মহাকপু নিংজবা তপ তৌবনা বুদ্ধিভ ওইবা যোগীশিংগী বুদ্ধি লৌশিং অপামবা অমসুং অনিংবা মহৈ অহু পীবি।

(৯) ব্রহ্ম কৌবা শিংলিগী মচীন, মূলাধর পদ্ম (থাগী থমবাল) লৈরিবী মনুংদা নোংথাংগী মতৌগুম্না ঙানবা, ম্নাম্না, থোংগী, সাধকশিংগী অনৌবা পীবীবা ত্রৈপুর কৌবা দেবীগী মরি লৈনবা ত্রিকোন (ত্রিভুজ) পামবোম অহুম্না কোইশিনবা যন্ত্র লৈ। অশিগুমবা যন্ত্র মনুংদা মতম লৈবা থিবীগা মায়কৈ মরিদা কন্দর্প হায়বা কৌবা মুংশিংনা শিন্থনবা লৈ অসিগুমবা মুংশিং জুবা কুণ্ডল লৈনাগা মাপ্পনা ঙাংবা মচু ১ম্মুং মুমিং কোটি অমগী মতৌগুম্না ঙানবা মুংশিংনা ঈশ্বরগী মশক ওইহুনা জীবগী শ্বর হোম্লোক হোঙ্গিন তৌ, থবায়না হিংহুনা লৈ।

(১০) ত্রিকোন যন্ত্রগী মনুংদা মমাই মনিং ওন্দুনা সনাগী মতৌগুমনা ম্নামনা থোংনা লিঙ্গগী মশক মানবা সয়ম্ভু কৌবা মহাদেব লৈ। মহাক অনৌবা উনাগী মতৌগুমনা অঙাংবা মচুনা মহি ওইনা সনাগুম থোংলবা অমম্মুং মঙাল মপৈগী মতৌগুম মপুংফাবা থাগী পূক্রিং থঙবা মঙাম্না থাবলগুম লংই মহাক কাশিতীর্থ মনুংদা শাগ্নবদা পূক্রিং লুপ্তুনা লৈ। অধার পদ্মা, পূণ্যকাশিত্তীর্থগী দেবতা ওইনা লৈ।

(১১) স্বয়ম্ভুগী থকী শরুক্তা কোকলোম থংবদা থমবৌ মশিংগুমনা কুপ্পবা মোইবুংদা য়েংপগী মতৌগুমনা, নোংথাং কুপ্পগী মঙালগুমবা মঙালগী মশক ওইবী জগৎ তম্মাংনবী মহা মম্না কুল কুণ্ডলীনি শক্তি লৈ। মহাক অনৌবা বোংথাংগী পরেংগুম, শাগ্নরিবা লিলগী মতৌগুম স্বয়ম্ভু লিঙ্গদা তংথাই

অমা অছুম্বক মেৎতুনা সুসুম্না অমদি ব্রহ্মনাড়ীগী মচীনদা লৈবা ব্রহ্মদ্বারদা অমুত শিন্দুবা অহোবা থোংদা থোক্টদোক্লা পিজবগী মতৌগ্ন্মনা মহাও লৌতুনা মশামক্লা অমুত থকথি।

(১২) কুল কুণ্ডলীনিনা অমুত হকপদা মম্বাই কারবা থোইবু মপেগী মতৌগ্ম, মখোল থোক্তনা চুবা থোইদোক্লা না.থি-জবা মথল মথা অয়ামবা থবক তৌই। হকচাং ফনবদু তৌই জগৎকী মঙ্গলগীদমক জীববু চাকপী শেনবরি। মহাক্লা মূলাধর থমবাল মনুংদা থাওইম পরেং থানবগ্ম চান্নি অমদি কুল কুণ্ডলীনি বা চাংবগী মমানি। হকচাং ফনব তৌরিবা পুমন-মক্তা অনিশুবা য়োকচবীনি।

মতাংশিংদা কুল কুণ্ডলীনিগী মতুং মতৌ মচুনচিংবা ফোং-দোক্তুনা মহাকী মুংগী অল্পা তত্ত্ব অদু পীজরে।

(১৩) হায়রিবা কুল কুণ্ডলীনি অসিগী মনুংদা কুপ্পদগী কুপ্পবা থোইদোক্লা মঙ্গলগী মশক ওইবা মুংচাইবা পুমনমকপু পীনবী নোংথাংগী পরেংশুমনা মন্তাল লৈবী অথোইবা কলানা চান্নি। মদুনা চান্থোকলকপদা ব্রহ্মাণ্ডগী মওং কয়া লোইনা ফো দোকই মহাক অসি মাং তুং অনিমক্তা অথোইবা ঈশ্বরনি মহাকপু থন্তজরবদি অরেপ্পা অথোইবা তত্ত্ব জ্ঞান পুমনমক ফংই। অরেপ্প জ্ঞান তত্ত্ব নংতনা মহাকপু থক ফংবা ঙমদে। মতাং-সিদা চতুরস মনা মরি পানবা পৃথিবী চক্রগী মুংগী বারোল পুমনমক লোইজরে।

সুষুমনা অমদি ব্রহ্ম নাড়ীগী নচিঙনা লৈবা ব্রহ্মদ্বারদা অমৃত শিল্হ য়বা অহোবা থোংদা থেইদোক্না পিজবগী মতৌগুম্না মহাও লৈতুনা মশা মকনা অহংপুৰা অমৃত থকখি।

কুল কুণ্ডলিনিনা অমৃত থকপদা ময়াই কায়বদা লৈহি থকংদা ময়াই কায়বা থোকইমু মপেন্না মতৌগুম, মথোন থোক্না ছংবা থোইদোক্না লিংখিজবা মথল মথা অয়াংবা থবক তৌই। হকচাং ফনবন্দু তৌই তগংকী মঙ্গলশীদংক জীবযু ছাকপী শেনবীরি মচাকনা মূলাধর থপাল মথংদা থাওম পরেং থান-বঙুম ছাপ্লি অমদি কুল কুণ্ডলিনীগীবা চাংবগী মমানি। হকচাং ফনবা ভৈরিবা পুমমকী অনিঙবা য়োকচবীনি

মতাংশিদা কুল কুণ্ডলিনিগী মওং মতৌ মচুনচিংবা কোং-দোক্নুনা মহাক্নী ফুংগী অম্মা তত্ত্ব অহু পীজব্র।

কায়রিবা কুল কুণ্ডলিনী অসিগী মথংদা কুপ্পদগী কুণ্ডলব থোইদোক্না মক্সকগী মশক ওইবা ফুংজাইবা পুম্মকপু পীনবী নোংথাংগী পরেংপুমনা মঙান লৈবী অথোইবা কলানা ছাপ্লি। মতৌনা ছান্ডেৎকলকপদা ব্রহ্মাণ্ডগী মওং কয়া লোইনা কোংদোকই। মতাক অসি য়াং ভুং অনিমক্কা অথোইবা ইশ্বরনি। মহাকপু থংকরবদি অরেপ্পা। অথোইবা তত্ত্ব জ্ঞান পুমনমক ফংই। অরেপ্পা জ্ঞান তত্ত্ব নওনা মহাকপু থক ফংবা ছমদে।

মতাং অসিদা চতুরস মবা মনি পানবা পৃথিবী চক্রগী পুমনমক লেইক্লরে।

মরু ওইবা চক্রগী হৃদ্ভ অমদি লৈকম চন্দ্রনা ময়াইদা লৈবনা পৃথিবী চক্রগী মনুংদা মুমিং কোতি অমগী মণ্ডালগুম কূল কুণ্ডলিনী অমসুং মতাকী হকচাং মনুংদা অথোইবী মণ্ডাল ওইবী পুমেশ্বরী দেবীনা লৈবনা কনাগুম্বা শাধকনা চক্র অসি য়েংনা ধ্যান তৌজরবদি মহক অদো মীদগী অথোইবা শগোল-শেল গুরুগা মান্নে মপৈ পুমনমক্তা অথোইবা ওই। বা ঙাংবদা হৈশিংই। থোইদোকপা মুংঙাইবনা থম্মোয়গী লুপ্না অত্মা ওইবনা মপা মতু কবা ওই। অসিগুম্বা তসেংবা বুদ্ধি জ্ঞান লৈরবা মীহুনা তোথোক্তকপা পুমনমক মী লাই পুমনমকনা তর্পণ, প্রার্থনা অমসুং সেবা তৌই।

---

# হুম্ববা থম্বাল স্থাবস্থান

স্বস্থমনা কৌবা শিংলিনা গুহ্যদগী কোক কাওবা থুনা লৈ। হায়রিবা স্বষমন শিংলগী মপুংদা অচৌবা মকম; লিঙ্গগী মরু ওইবা মকমদা শিনহুরগী মতৌপ মনা য়ামনা ফজবা অঙাংবা মচুগী থম্বাল অমা লৈ। থম্বালসিগী মপাদা তরাক খোকনামোংথাংনা লৈতেংবগুম মনা তরাক লৈ। অচৌবা মনা তরাক অহুদা বিনদু হায়বদি অনুস্বারগা তিনবা "ব দগী" ল" ফাওবা (বং ভং মং য়ং রং লং) হায়বা ময়েক তরাক লৈ। মসিনা মনা তরাক পানবা থম্বালগী তত্ত্বনি।

অনিশুবা থম্বাল অসিগী মপুংদা নিংথিজরবা সংসার অমা ফোংদোকই। লোইননা তোপ তোপ্পা থম্বালগী মগুন অমত্তু লৈজৈ। মরমসুনা ঈশিং মপৈ লৈবব্দু করি অমতা চিংনদে। ঈশিংগীতা কিহোম তে হেনা পূর্ণিমাগী থাজ মতৌগুম অঙৌবা মচু অমম্বুং য়ামনা ভিংথিজবা কোক্তা থা মচেৎ শানা লৈতেংবা বরুণগী মকরবিজ অমদি বরুন দেবতা লৈ। মতাং অসি অবং চক্রগী মপুংদা লৈবা বিষ্ণু দেবতাগী (তাইবং মপুগী) ময়মদনি।

তায়রিবা ডা কিংোম ভোংবা বন্ধন দেৱভাগী ক্রোড়দা অপ ব, ইশিং মচুগী সনা কিগে শেংপ্পা অনৌবা যৌবন মপুং কাবা থবা কা শ্রীবংস (ভৃগৈরহঙ্গপা) চিহ্না লৈবা কৌস্তুভ মনিয়জনা ডকপমদা লৈতেংগা পাগোম মরি পানবা নরায়ন (হরি) লৈ। মহাকনা প্রমনমকপ্ৰ ডাকপী শেনবারি।

অস্থম ওইবা অ'নশুবা থম্লালদা রাকিনী কৌবী শক্তিনা নিংথিজরী। মহাকনা অশংবা থম্লালগী গর্ভপৃয়া লক্ষ্মীনা পুবা খুং মরিদ। মথল মথা অয়ামবা খু লাই পাইরি। মক্ত্ৰবা কিনা লৈতেংবা নিংথিজরবা চংথোনবা অদ্গ্ৰমবা থম্মোয়দা ডাম্মোইরি। বরুন থমবাল অ'সবু নিংথিজবা মহৈদি মথাদা পীজরি।

স্বাধিষ্ঠান কৌবা অ'নিশ্ৰবা য়াম্না তরু তরুবা বরুন পদ্মা অ'সবৃ মাওইবনা নিংজবগী মরমদি মহাক্কী মিকুপকী মঙ্গুংদা নাপন্নাচংবা য়েকুবা পুম্নমক মান্নবা (লৈতবা) অমম্ম' অম্নম অম্নম অম্নম লাইনিংবগী অথোইবা ওইহনা অডকপদগী থোকপা অমম-বনাচংব, পুম্নমক ভুমিংকী মতৌত্তম্না মাংহল্লি। ব রেং শৈরেং কয়া ইবগী নিয়ম অম্রত রস মপুং কাহনহনা কাবা লেংবগী শক্তি চাওথংহল্লি।

# তশুবা থম্বাল

মনিপুর পদ্মা (খোঙদো থম্বাল)

স্বাধিস্থান কৌবা থম্বালগী মথক থংবা শরুক্তা (নাভিমূলা) মনা তারা পানবা ফুইনা হৌবা নোংঙুম শুক্ল যাম্না নিংথিজবা অশংবা মচুনা ঙানবা মনিপুর কৌবা অহুমশুবা থম্বাল লৈ। মহাক্কী মনা খুদিংদা ডং, তং, শং, পং, ভ · মং, দং, ধং, নং, পং ফং) হায়রিবা ময়েকশিং অসি লৈ। হায়রিবা মনা তরা পাম্বা অশংবা থম্বালগী নিংথিজরবা গুণ্ঠরগী মনুংদা মৈ কৌবা লাইগী অঙাংবা মচুনা লৈতেংবা ত্রিভুজ যন্ত্র মকেই লৈ অসগুম্বা ত্রিভুজ মওং মানবা যন্ত্রগী মচিন্দা স্বাস্তিক কৌবা খোং লৈ। যন্ত্রহগী মনুংদা বিজ (রং) কারন লৈ।

অসগুম্বা মৈগী দেবতানা য়াও মথক্তা তোংহনা অনৌবা অমিংকী মতৌগুম্না অঙাংবা পাম্বোম মরি পানবা মশক্তা লিংনবা (অমুক হন্ন) মহাক্কী ক্রোড়দা শেংলবা শিন্দূরগী মতৌগুম্না ঙাংলবা মচু তোই-গুম্বস্নং হকচাংগী লৈতেং পূমনমক উংতৈবদগী অঙৌবা মচুগুমনা ঙান্দুনা অহলগী মতৌগুম মমিং অহুম পানবা রুদ্র মুর্ত্তি মহাদেবনা তন্তুনা লৈ। মহাক্কী পাম্বোম অনি; অমদা মী পূমনমক্কী ইস্ট, অমস্নং থুং অমদা কিদবা পী। মহাকনা শেম্বা অমস্নং মাংহনবা অনিমক তৌরি। মতাং অসিদা রং কার বিজগী (মৈগী মুর্ত্তিগী) মতোংনি।

অহুমগুবা মনা তরা পানৰা মনিপ র পদ্মা অসিদা অফবা পূন্নমক তৌরিবা পাম্বোম মরি পানবা লাকিন্নী কৌৰী দেবী লৈ। মহাকপূ শুমাপ্ন কোই। নাপূ মচু মানবা ফিজোন অমম্নুং মথল মথা অয়াম্বা লৈতেংনা থম্মোয় পেনদুনা লৈ। থোইদৌ থম্বাল মমুংদা অসিগুমবা থমবাল অসি লৈ। রাগী বিজ অম্না (রেফ) মৈ কেৰা লাই অমসুং মতুগী শ্রোতাধিষ্ঠীত রুদ্রগী মশক ওইবা মহাকল অমম্নুং পূমনমক্কী মপূ ওইবা লাকিনী কৌবা ময়া দেৰীবূ নিংজরগা মীনা অসিগুমবা থমবালগী (চক্র) মতিক মগূন শেমৰা মাংহনবা অমম্নুং য়োকপা ঙমই।

জ্ঞাম্না শমপতি ওইবা স্বরসপতি দেবীনা লৈতোন অমদি চিনবান্দা তত্তনা লৈবী, মহাক অহু মতম লৈবা খিবিক্তা জ্ঞান্দা মূমক্কম ওইবা মরমনা থোইদোকপা মী ওই।

# ৪শুবা থমৰাল

## আনহত পদ্মা (থম্মোয় থমৰাল)

মীওইবা জীবগী থম্মোয়দা লৈবা মনা ১২ (তরানিথোই) পানবা আনহত কৌবা থম্বালগী মরমদা খরদং ফোংদোকচরি।

মনিপুর কৌবা থমবাল থকী শরুক্তা হৃদ অমদি স্নুষুম্নাদা লেংহুনা থমবালশিংগী মরিরুবা মফমদা (হৃদক ্‌ষোর মতৌঙুয়) অঙাংবা মচুনা নিংথিজবা থমবাল অমা লৈ। হায়রিবা থমবাল অসি মনা ১২ পাল্লি। অমস্তুং মনা খুদিংগী শিনম্বরগী মতৌঙুমনা অঙাংবা মচুনা (কং, খং, গং ঘং ঙং চং ছং জং লং ঞং টং ঠং) হায়বা ময়েকশিং অমমম ওইনা মনা খুদিংদা লৈ। থমবাল অসিগী মমিং আনহত পদ্মা কৌই। হায়রিবা থমবাল অসিবু চপ মুংনা থম্মোয়দা নিংজরবদি (জ্ঞান) অপামবা পমনমক পিবি। কল্প বৃক্ষগী মতৌঙুমনা নিংবা থুংবা মহৈ পিবিবা ঙমই। মৈথু মচুনা নিংথিজবা চিথেক তরুক নাইবা মুংশং মণ্ডল লৈ।

হায়রিবা থম্মোয় থমবালগী মনুংদা লৈবশিংগী মরমদা খরদং হায়জরি।

থম্মোয় থম্বাল মনুংদা লৈবা চিথেক তরুক নাইবা (ষ্টকোন) চক্র মনুংদা কৃষ্ণসার কৌবা শক্তি তোংবা পাবোম মরি পানবা

যজনা তিনবা লৈচিন মচৈগী মতৌগুমনা ধূসর বর্ণ নুংশিংকী বীজ য়ং মন্ত্রনা লিংজগনি। অমুক হন্না যফম অদুদা থোজানগী নুংশিংনা শেলবা কাণ্ডগী মতৌগুমনা অচৌবা মচুগী ইশান কৌবা মহাদেব লৈ। মহাক্কী খুং অনিদা, খুং অমদা মরোল অহুম্বু কিদবা অমম্মং খুং অমদা মঙ্গল ওইবা পীবি।

থম্মোয় থমবাল (অনাহত পদ্ম) অসি নোংথংগী মতৌগুমনা পীতবন্না মমিং অহুমনা অকিবগী মশক ওইনা নিংথিজে। অলঙ্কার পুমনমকপু লৈতেংই। যতিশিংগী ফংবা তৌরিবা কাকিনী শক্তি লৈ! মহাক্কা নুংঙাইবগা লোইননা মখুং মরিদা শল, (অভয়) কপাল, বর অমসুং অভয় মরি অসিপুরী! মহাক্কা মপুং ফানা রস অমৃত থকুনা নুংঙাইবদা পুক্নিং লুপ্তুনা ছকশংদা শক্ত পরেং শন্থনা লৈর! য়ং-য়ং হায়রবদি নুংশিকী বীজ মন্ত্রনি;

অনাহত হুদি থমবাল লৈরিক মনুংদা নোংথাং কোটিগা মাননা ছানবা (য়ায়া ইংবা) ত্রিকোন কৌবা শক্তি (দেবী) লৈ! ত্রিকোন শক্তি যন্ত্রগী মনুংদা সনাগী মতৌগুমনা লংলবা কুমুমনচিংবা অঙ্গদা থোইদোকনা লৈতেংবা বাস তৌবা শিব লিঙ্গ লৈ! মহাক্কী মথক্কা অহোবা (মকোক্কা) অমা লৈ অহোবা অদু মনিগী মতৌগুম্বা থোইদোক্কা নুংঙাবনা তিনবা শ্রীধর ন ওই!

থম্মোয় থম্বালগী নুংদা লৈবা নুংশী ওইবা রাফম ফোংদোকলি।

মীগী থমেমায় লচাদা লৈব কলপ বৃক্ষগা মাঙবা অপাম্বা

পুম্নমক পিনবা লাই পুমনমক্কী লৈকম তিনকম ওইবা য়ামনা শেংবা (পীঠস্থান) মফমনি। খুংশিং শিজবা য়েকনবা লৈতবা মকোয়নি। ঙাল্লবা লৈরাগী মতোনগুম, কাঙ্গা অমদি তিবত্নুনা থিংথিজনা লৈতেংলি মখুংদা খুমিংগী মতৌগুমনা নিংথিবা অঙাংবা মচুনা নাগেশ্বর লৈরিক্কুমবা অনহত্ত পদ্মদা ধ্যান তৌরবা মহাক অহুনা শগোনশেনগুম ব ঙাংদা অয়াম্বা ঈশ্বরগুম জগৎ ঙাকপা অমস্তুং মাংহনবগী শক্তি লৈ।

মথকতা পনগ্রিবা থম্মোয় থম্বালদা লৈবা ব্রহ্মগী মঙালবু থংবা ঙমলবা মহাক আদু য়োগী শংগী মখুংদা অথোইবা য়োগীনি। শাগৈগী য়ৌশিংনস্তু মাগী মাগী মপুরোইবদগী মহাকপুনা হেন্না মুংশিগনি। মহাক অদো অথোইবা জ্ঞানিনি। ধ্যান্না ইন্দ্রিয়বু লাকশিনবা ঙম্বনা অমদি পুক্নিং অমস্তুং থম্মোয়বু থংবদগী কবিশিংগী মতৌগুম্না মহাক জগৎপু মথং মথং থংবা ঙমই। মঙোন্না মতম পুম্নমক্তা লক্ষ্মী দেবীনা অতংবা লৈতনা লোইনবী অমস্তুং চানবী।

মতাং অসিদা মনা তন্নানিথোই পানবা থম্মোয় থম্বালবু নিংজবগী ফল পুম্নমক পীজবা লোইজরে।

# শেঙবা থম্বাল

## বিশুদ্ধ পদ্মা (খৌরি থম্বাল)

থম্মোয় লকাদগী খজিকুং ৱাংবা মফম হায়বদি খৌরিগী শামাদশদা লেশিংগী থাওমৈ মীওইবগী ফোংদোকপগী মশক (আকারদি বিসন্ত) স্বর ময়েক ১৬(তরাতরুক) মচু চপ মান্নবা লৈ। অমস্তুং মনা ১৬ পানবা বিশুদ্ধ কৌবা কৌবা লৈচিন মচু মানবা থম্বাল অমা লৈ। মহুগী ময়াইগী শরুক্তা মপুং ফাবা থাঙুম্না ঙানবা কোইরক কোইবা অমম্বা অতিয়া মকোয় লৈ। মহ অঙৌবা মচুগী শামু ভোংবা অঙৌবা মচু অমদি আকাসকী থ্বাইদগী হেননা পিকপা হকচাংনি।

শিদ্ধশিগী (মাইচৌ) মরক্তা অম্সুম্বা প্রসিদ্ধ লৈ, মহুদি পাল অঙ্কশ, অভয় অমস্তুং বর অসিগুম্বা মখি অসিনা তিনবা, পাম্বোম মরিম্বা নিংথিজবা হকচাংনা তিনবা হংকার ময়েকনা অত্মা ওইবা, অতিয়া বিজ মহুগী মখুংদা মমাই মঙা পানবা মমিং অহুম, পাম্বোম তরা পানবা কৈ মউন শেংপা নোংপোক লাইগী মশক ওইবা শদাশিবা কৌবা শিব গিরিরাজগা লোইনহনা মশা অমতা ওইনা পুকনিং মুংঙাইনা মুমিং খুদিংমী ঙানহনা লৈ।

হায়রিবা বিশুদ্ধ হায়না কৌবা মনা ১৬ পানবা থম্বাল অসিগী মনুংদা মপাং ফাবা থাগী অমৃত থকপনা থম্মোয় পেল্লবা সনা মচুনা নিংখিজবা, মথুং মরিদা লিকুংতেন, পাশ, অঙ্কুশ পাইবী সাকিনি কৌবী দেবীনা ডাম্মোইরি। থম্বাল অসুগী লৈরিক মনুংদা পুকনিংবু লাকশিনবা ডুমব'শংগী শমপাত্তি পিবা, অরানবা মুক্তি থোংগী মশক ওইবা অমকপা লৈতবা থাগী মকোয় অমা লৈ।

অম্মুমা মথক্তা পনপ্রিবা বিশুদ্ধ (খৌরি থম্বাল) কৌবা মনা তরাতরুক পানবা থমবালদা থম্মোয় লুপচরবা মহাক অদো মপুং ফাবা যোগগী মহৈ অহু ফংই। মরম অদুনা থমোয় ইংন সাধকনা মতম থরতগী মনুংদা কবি তত্ত্ব অমসুং আত্মা জ্ঞান ফংহনা মফম অমদা লৈবদা স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল পুমনমক্কী মরম থংবা ডুমমী, মী পুমনমক্কী ফনবা তৌই, অরা অনাদগী নাম্মোক-তুনী মতম কুইনা হিংহনা লৈ। পরমহংসকী মতৌগুমনা ডানদুমনা অতংপা লৈতনা বিষয় ভোগদগী পোকপা মথল মথা অয়াংবা খুদিংখিবা পুমনকপু মাংহনবা ডুমই।

পাঙম অনিগী কারণা অমুক থোকপা খুৎ মাসবা অচৌবা মচু ওইবা যোগীশিংগী ধ্যানগী মফম, কোংদোকপগী (Revelation) মশক ওইবা থাক্লশেংবা "হ" ক ময়েক অনিগী আত্মা ওইবা আজ্ঞা— কৌবা মনা অনি পানবা থম্বাল অমা লৈ। হায়রিবা থম্বাল অ:িদা অমুতগা মাননা কৌবা মচিন শুক্র পানবা শাকনি কৌবা দেবী লৈ। মহাক্লী মথুক্তা মপুং ফানা লাইবক ফবা উমক কৌবা পুংয়েবা অমস্তুং জপ পরেং ধারন তৌবা খোংদোকনা শেংলবা অহুশুঙগী শকতম কাওরি।

হায়রিবা অজ্ঞান কৌবা মনা অনি পানবা থম্বাল অসিগী মন্থ:দা য়াম্না শুকপগী মশক ওইবা (প্র সন্ধ) পুক্রিং থম্বাল যেনাগা মশক ওইবা লৈরককী মথুংদা শিব লিঙ্গ অমা ঙাংহোই-থনা লৈ। হায়রবা শিব লিঙ্গ অসনা লোংখাংগী মতৌগুম ঙান্দুনা মী পুম্নমক্তা ব্রহ্মজ্ঞান খংনবগী মশক ওইবা বেদনচিংবা লাইরক পুমনমকা আত্মা ওঁকার বীজগী মশক ওই। মরম অহনা সাধকশিংনা অসগুম্বা মফমদা থগোয়না লেপ্পুনা মথং মথং থমবাল অহুদা লেংনা খুদিংমক অমদি মনা মরি পানবা মূলাধর পদ্মদগী হৌনা ব্রহ্ম রন্ধ (ব্রহ্মদ্বার) ফাওবা নিংজহুনা মনা অনি পানবা থমবালনা লৈবা ইতরা কৌবা মমিং অহুম পানবা দেবতাশুম্ব য়াম্না থগোয় শেংনা নিংজগনি।

মনা অনি পানবা থমবালবু ধ্যান তৌজবনা ইন্দ্রা অমস্তুং মুনিন্দ্রা ওইদনা অভেপ্র কনাশুনবগী থগোয় (মংগী বাখল)

মতংদা চংবা ঙমই লোয়নবা পুম্নমক্কী ৱাখল (সর্ব্বজ্ঞান) পুমনমক থংবা ঙমই। অমস্থুং ফনবা তৌই শাস্ত্রা পুমনমকপুম্থু থং। ঙ ই। মহাক অদো ময়া পুমববু ভয় তৌদনা অনিশুদব ভক্তগী মতৌ ওইদনা পুন্সি নুংশাংবা মরোল অগমগী মশক ওইবা শেমবা; য়োকপা অমম্থু মাংচংবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু শিবগী মশক ওই।

আজ্ঞান কৌবা মনা অনি শান্নবা থমবালগী মতংদা পিশুম ছন্দগী থক্কিতং কাখৎশগা মথকথংবা শক্কতা বিশুদ্ধ জ্ঞান (ভংবগী মশক ওইবা) আত্মানা শেংদনা লৈ। অ ত্ম অসি তৈরীগী মতৌ শুমনা য়ামনা চাপ্লি, ওঁকার মরেক্কী মশক ওই; য়ামগী নিংথিজে। অ ত্মা অসিগী মথককী শক্কতা মকার ব্রহ্মা (মথেক) লৈ অসগুপা মকার মরেক্কী অহানবা শক্কা থাগী মতৌ শুম অচৌবা মচু অমস্থুং অমুবা শির লৈ মচোক্কগী অমৃত থোকই, মণ্ডালগী মশক ওই কপ্পা তপ্পা নোক্কনা লৈ।

থেইদোক্কা নুংঙাইবগী মশক ওইবা মফমসিদা পুক্নিং লংচরগা অথোইবা গুরুগী সেবা থংলক্কনা নিরালম্বা স্থপ্পা সর্বদা পুম্নমক্কা মুদ্রাগী মঙ্গাম্না সাধক্কা অথোইবা যোগী ওই। নুংশিংকী মতেংনা আত্মা জ্ঞান অমস্থুং মঙ্গান ফংবা ঙমই। মমৈথংদা (at the end) নুংগী শক্কা থোইদোক্কা মূর্ত্তি পানবা নিখিল ব্রহ্মাণ্ডগী মতৌ ওইবা আত্মাবু মশক উবা ঙমই।

কায়রিবা আত্ম বু ফংলিবা থোইদোকপা মকম অসি চাক্রিবা মৈরিগুম অমদি মৌনা থোকলকপা ফুমিংকী মতৌগুম্না য়াম্না ডু ন্ন! কোককী শরুক্তা কোক্ত মৈবা জমথদগীনী মূলাধর পদ্ম'না মৈবা মম্না. পৃথবী চক্র ফ'ওবা শম্নতুনা মৈ। কোক্তা মৈবা মন্ড'লগী মশক ওইবা অ:থাইবা মফমসিদা ফুমিং থাগী মকোয়গী মতৌগুম্না ড়াগবা জগৎ শকতিগী মশক মপুং ফাবা ঐ স্বৰ্য্য।ী তিনবা ভ বানগা লোইনন্তুনা জীবনা হিংই।

ঈশ্বরগী থোইদোক্তা সুংগ্রাইবগী মকম ওইবা লেপনা ফজবগী মশক ওইবা, অচম ওইবা অমৃতগী মকমদগী থরাইনা লিংথতুনা (ros up) যোগীনা পুক্লিং হরাওনা দেহ (হকচাং) থ দোকই অচগুম্বা যোগী ন্দ্রনা ত্রিজগত্তা অমদি পুরুষ অমম্বুং বেদান্ত খ.তুনা লেপ্পা সুংগ্রাইবগী মশক ওইবা (সচিদানন্দগী মশক) অথোইবা ঈশ্বরদা চংই।

আজ্ঞান কৌবা মনা অনি পানবা থম্বালগী মথকী শরুক্তা শিব হায়বা অথোইবা খোজেলগী মতৌ ওইবা অচগুম্বা মহাদেবগী শরুক তংথাই অমা অসি সুংশিংকী মৈকমনি হায়না থংলে। অচগুম্বা মহাদেব কৌবা শদাশিবনা মথুং অনিনা কিদবা অমম্বুং বরদান তৌই। থোইদোকনা শেংলবা তপলবা বুদ্ধি ফোংদোকনবগী মশক ওই। অথোইবা যোগীনা মতমতুদা গুরুগী খুম্বা থম্বালদা শেবাদা মঙ্গল ওইতুনা সুংশিংকী দেবতাগী (সুংশিং নিংথৌ) মৈকমগী মশক ওইবা শিবগী হকচাং তংথাই অমা

উবা ঙমই। স্বর্গপতি দেবীনা মতম লৈবা খিবিত্তা মহাক্কী খুত্তা লৈহনা লৈ।

# ৭শুবা থম্বাল

## লুরেল থম্বাল (জ্ঞান পদ্ম)

মথক্তা পনখিবা মহানাদ কৌবা শিরগী মর্থক্তী শরক্তা শঙ্খিনী নাড়ীগী মকোকক্তা অগাংবা মফম অ। লৈ। হ্যরিগা ফোংদোকপগী মশক ঙইবা অগাংবা মফম লৈবা বিসর্গ অসগী খা থংবা শরকক্তা অঙোবা মচু মনা লিশিং অমা পানবা থম্বালনা মমাই মথা ঙনা শাংতুনা লৈ। থম্বাল অদু মেরা থাগী মুংশাগী মতৌঙুম্না ঙাল্লি। থম্বালগী লৈরিকনচিংবদু মচু য়াঙ্খৈনা তিন্দুনা তশেংনা মুংঙাইবগী মশকনি।

মনা লিশিং অমা পানবা থম্বাল অসিগী মমুংদা অমকপা লৈরবা মপুং ফাবা অমৃত রসকী মশক ওইবা থম্বালগী মঙালনা শক্তোক্তুনা লৈ। মঙাল অসি মোমোম মোমোন নোকপগী মতৌঙুমই। অসিগুমবা মন্দন অসিগী মনুং ময়াই চবুক্তা ত্রিকোন যন্ত্রা মানবা লাইশিংগী সেবা তৌবা, য়ায়া ঠুপলবা থম্মোয়গী মশক ওইবা অত্থাগী অহাংবা মফম অমা লৈ।

অসিগুম্বা অমকপা লেপ্পবা মিয়া থাগুম্বা চানবা অহাংবা মকমদিদা থোইদোক্লা মুংচাইবগী রস লৌবগী মক ওইবা মকমনি। মরমতুন অচম্বা মীগী মকমদা কোংদোকফদে। য়াম্না থুপ্পা থমগী সিদ্ধ ফংলবাশিংগী মকমদদি মহাসিদ্ধিগী মশক ওই মকুন্দদ পুংংক্লী আত্মগী মশক ওইবা অতৌবা মচুগী অহংবগী মশক ওইবা অথোইবা শিবধম কৌবা মহাদেব লৈ। মা মুমিং চুপ্পা পুংচাইবগী মতৌ ওই। জ্ঞান মাংবগী মতৌ ওইবা মহা অমমবু মাংনবা মচানগী মশক ওইবা পরমহংস কৌবা গুরু লৈ।

অহংবা মকমসিদা লৈবা অদুগুম্বা ভগবান মহাদেবনা মকুব জ্ঞানগী যতংবু (লাইনিংবু) অতংপা লৈতনা অমৃত দন অংম্পুং আত্ম জ্ঞান পিবি।

পরমহংস হায়বা লেংদবা অদুমওইবা মহাদেবনা থরাই পানবা পুমনমক্কী মরম পুমনমক্কা মুংচাইবগী ইথক হৌহল্লি।

মথক্কা পনজাখবা অহাংবা মকম অ সবু বৈশ্য শংনা শিবস্থান, বৈষ্ণবশিংনা পরমপুরুষ অমুমনা বিষ্ণু মহাক্কী লৈমফমবু বিষ্ণুধাম (sahrsor) কৌই হায়না মকম লেপই কনা কনাগুম্বা উপাসনা তৌবা বেদান্তিকশিংনা হরিহাব পাদ (হরস্থান) কৌই: দেবী চরনবু নিংজবা ভক্তশিংনা দেবী ধাম, আনন্দা পাম্বা রসিক ভক্তশিংনা হার গৌড়ী অনিগী মখোং থমবাল হায়রৈ। মুনিশিং অতোপ্পা দর্শনিক পণ্ডিতশিংনা ব্রহ্মাগী মশকনি প্রকৃতি পুরুষ

অনিগী তিরকমনি হায়দুনা জ্ঞান কৌই। কনাগুমবা উপা-সকশিংনা কখিগুমবা মশক মওং অমা লেপ্তুনা উপাসক ভেদে, মরমদ্রি মশা মশাগী ইষ্টদেবতু ব্রহ্মাগী মশকনি হায়না খল্লি। অসিগুমবা মকম থোইদোকপা মকম অসি সাধকনশ্যী মশক ওইবা ব্রহ্মগী মকমনি অমস্তুং পূমনমক্কা সিদ্ধ ওই। যোগিস্বানা মনা লিপিং অমা পানবা খমবালদা লৈবা ব্রহ্মস্থান মথক্তা (পনথিবা) হায়বদি অহাংবা মকমতু য়াংনা কক্তবা মওংদা শনদোক্লগা (একাগ্রচিত্তে নিশ্চয়) পরত্মদা রাখল ওইবা যন্ত্রগী মশক ওইবা মহাক অদো অসিগুমবা মচংলম্ব। শংনারদা স্বর্গ মর্ত্ত্য পতালগী কখিগুমবা মকন্দস্তু মহাক অপনবা লৈরোই হায়বদি মহাক অয়ানবা পূংবগী শক্তি, মুক্তি অকবা কয়া তোবরা মহাপুরুষগী রাখল কয়া ইরাই লাইনা খংবা ঙমই। মরম অদুনা মহাক জগৎ শেগা মাংহনবগী থোরম কয়াদা তেংবাংই। অভিয়াগী লম্বা চংশা ঙমই। থোইদোক্লা মাংগী য়াথং লুই, তশেং তশেংই।

মনা লিপি অমা পানবা খয়াল অসিগী মমুংদা অনৌবা মুমিং থোকপগী পাক্তুয়া ডানবা অমান কোবা চন্দ্রকলা অমা ডান্নুনা লৈ। অমান অসি শেংনবা থাগী কলা ১৬ না পূরগা থোইদোক্লা নিংবিক্ত। পিক্লবা থম্মোয়শিংগী লংলা অদুগী ১০০ থোকপগী শরক অমতমক ওইবা খ্যাইদগী কুপ্পা অমদি নোংথাংং পরেংগুম থোংলবা হকচাং ওইনা তক্তনা ঙল্লি। অমাং অতা

লৈতে। মমাই লুকথদ্না লৈ থাগী কনা অদুদগী মথুন লৈবা চকু ী হক্তেগুম্বা অদংবা লৈতনা মুংঙাইব ী মশক ওইবা অমুত থোকই ।

কুপলবা অমান কৌবা চন্দ্রকলাসিগী মমুংগী শক্লক্তা (নির্ব্বন শক্তি দায়ক) নির্ব্বন কৌবা অতোপ্পা কল' অমত্থু ঙানদুন লৈ। কপা অদু মীওইবগী শম অসি শক্লক লিশং অমা থোকনা থাইরগা শক্লক অমতংক চাওবা থোইদোকনা কুপই। মুমিৎ ১২গী মঙালওমই। মাগী পুক ং অদু অংশনা মিকুপ।মিবুপ থাইদুনা লৈ কলা পুমনমক মীওইবগী থংহৈবগী থবক ভোই। (জ্ঞানগী) ভগবানগী মশক ওইবা অধদেবতনা অযদি কন অদু কাওবা জীবনা হিংদুনা লৈ। কলা অদুগী পুকনিংনা থাদোকপা মতমদা থুদক্তা জীবনা অংকপা অমমবনা কুন্দুনা অতুম্বা হায়বদু ওই। কলা অদুগা পুকনিংগা তিন্নবা মতমদা জীবনা মিকপথোকপা হায়দু ওই (তত্ত্ব জ্ঞানের উদ্ভয়)

নির্ব্বনা কৌরা কলাগী মমুংদা মুমিং কোটিগী মত্তোগপুবা মঙাম্না তিনবা, (ত্রিভুবনের) মরোল অহুমগী মমাগী মশক ওইবা কুপলবা শমদোদগী শক্লক কোটি থোকনা থাইরগা শক্লক অমরোম-দমক চাওবা জগৎ স্বর্গ পরলোক লোক অনিমক্তা মতমগী কন্মগীদমক মহৈ পিবা। নির্ব্বনা কৌবা শকতি লৈ। খাইদগী হেন্না থুপ্পা শকতি অসিদগী অমুতগী ইচেম্না মতম পুম্নমকত্তা চেন্থরকই। শকতি অহু জীব পুম্নমক্তা থবাইগী মশকনি। মুনি-

শিংগী পৃক্তি মুংঙ ইবগী রসদা লুপ্তুনা তত্ত্ব জ্ঞান পীনবা করনগী মশক ওই।

অমুম্না নির্ব্বনা কৌবা শকতিগী মমংদা অরেপ্পা মক্তুবা মুংঙাইবগী যুক্ষম ওইবা পুমনমকী মুংঙইবগী মশক ওইবা তত্ত্বা জ্ঞানগী মশক ওইবা অত্ম' যোগনা ফংবা শব স্থান অমা লৈ। অহুবু কনা কনাগুম্বা মুনিশিংনা শিবস্থান অহুগা ব্রহ্মস্থানমু হায়নৈ বৈষ্ণবশিংনা বিষ্ণুপাদ অমসুং পণ্ডিতশিংনা হংস থ্য (পরমহংস) পদ হায়না থংনে মকম অহুদা পুম্ব চেনবা যোগী মপৈগী প্রাথনা তৌবনা মুকতিগী লমবেল খোইদোকনা থঙই হায়না শিংথানৈ।

---

# কুল-কুণ্ডলিনী লিংখৎলকপগী মরমঃ-

যম, নিয়ম সাম, নৈব অমদি যম নিয়ম অসিনচিংবা (নিপান) না তিনবা চংখোনবা যোগীনা গুরুগী মচিন্দগী ফোং-দোকপা অথোইবা মোক্ষগী লম্বী, ওঁকার অমদি ওঁ হায়বা মাংদবা খোঞ্জেমা কুল কুণ্ডলিনীবু ব্রহ্ম ;কৌবা অহোবা মরিন

মসুমা সাধু যোগীশিংগী শেংলবা জ্ঞান মতলগী মশক ওইবা লক্ষী কলিপত শেম্মী। অহক্কুবা লক্ষী অহুদা হৃৎশিং অমম্লুং দৈ অনিবু খুৎম চন্দুনা কুল কুণ্ডলিনী দেবীবু মূলাধর থম্বালদা লৈবা স্বয়ম্ভু শিব লিঙ্গগী ময়াইদা (ভেদ) কাওহনা মনা লিশিং অমা পাম্বা থম্বালদা পুরকই। অদুগা মূলাধর কাখ্রবা ব্রহ্মাগী অপোবা অ১০০ মনা লিশিং অমা পানবা থম্বাল কাওবা লৈ। হুঁ শব্দনা কুল কুণ্ডলিনী দেবী থংহনা শিবলিঙ্গগী ময়াইদা কাওহনা অদুগুম্বা লম্বীদা সহস্র মথাদা দেবীবু পুরক্কুনা নিজগান।

(মতাংসিদা ময়ূত কুণ্ডলিনীগী জগৎপ্রকাশ লোইবে)

মতৌ অদুগুম্বা অসিগুম্বা শেংলবা কুল কুণ্ডলিনী দেবীনা মূলাধরদা লৈবা স্বয়ম্ভু, লিঙ্গ থম্বোয় থম্বাল্দা লৈবা বান কৌবা লিঙ্গ পিণ্ডম অনিগী ময়াইদা লৈবা ইতরাখ্য লিঙ্গ অসিগুম্বা লিঙ্গ পুমবু অমম্লুং চিরিনী মপুংদা চৎপা ব্রহ্মনারী লৈবা মনা ৬ পানবা থম্বালবু কাওহনা মায়া কুপলবা লংলাগী মতৌগুম্বা মনা ১০০০ পানবা থম্বাল্দা ভিন্নদুনা খোইদোকপা রসকী মতৌ ওইবা শিবগা লোইনদুনা মতম লৈবা থিবীতা লোংথাংগী মতৌগুম্বা চান্দুনা লৈ। অসিগুম্বা কুপ্ল কুপ্লবা মতুং কয়ানা মহাকপু খজবা মতমদা সাধক্কা আনন্দগী মশক ওই

শ্রীগুরুগী মথোং থম্বালদা ধ্যান তৌদুনা পণ্ডিত যোগিন্দ্রনা রস ৯ মশক ওইবা কুল কুণ্ডলিনী দেবীবুং জিবাত্মাগা লোয়ননা মনা ১০০০ পানবা থম্বাল মপুংদা শিবগা অমতা

ওইবা মোক্ষ ফংনবগীদমক পুক্নিং অনি লোঃদনা ধ্যান তৌজপনি অসঙুমক্কা ভাগ্যবতীনা নিংশিংনবগী মশক ওইরী, মাংভুং অসিগী নিংজবা মহৈহু পিনবী। পরত্মাগী মশক ওইবা অথোইবা শিবনা কুল কুণ্ডলিনীগী ফঙরবা অচাংবা মচু ওইবী অথোইবা অমৃত থক্নুনা মপুং ফাবা আনন্দ ফংদুনা কুল শাবনা অঠুপ্পা লনবীদা অমুক হন্না মূলাধর পদ্মদা চঙই। মতম অদুদা লেংদবা জ্ঞান যোগীনা যোগ ক্রমগী অসগুকা মস্তকব অমৃতনা মংং মবং দেহগী পিজব ব্রহ্মান্দদা লৈবা লাই খিবাকস্ব পোকহল্ল।

অসুমনা পুকনিং শেংলবা যোগীনা নিয়ম নাইবা অথোইবা দিক্ষা গুরুগী মখোং থংবাল অমদগী নুংঙাইনবগী ঈচেল থোককম ওইবা অঠুপ্পা ক্রম থংদুনা ধ্যানদা পুকনিং লূপ্লবা মহক অদো অসগুমবা সংসারদা অমুক পোকক্ত প্রলয়গী মতমদা অরা অনাস্থ ফংদ্রে। মপুং ফাব নুংঙাইবা লীলা মু ঙাইদুনা থোইদোক্লা তপ্লবা থম্মোয়না সধুশিংগী মরক্তা অথোইবা ওইদুনা শিখাঃনৈ।

অসিগুমবা লাইরিক অসি অহিং নুংখিল অনিদ কপ্লা শাজদুনা যোগী ওইবা পুকচেনদা মতম পুমনমকত্তা তাওদুনা গুরুগী মখোং থমবাল অনিনা লমবী ওইদুনা অথোইবা মোক্ষ জ্ঞানগী মরমদা পরিং চুমনা শেংনা অমকপা য়াওদনা চংজবনা অঠুপ্পা ক্রম থংদুনা ইন্দ্র লাকশিন্না চমই। পুক্নিং থম্মোয়গী অঠুপ্পা কয়া থংদুনা থরাইনা হরাওনা মোঃমোন নোকচুনা জগোই শাই।



১। (মূলাধার পদমা) মনা মরি পানবা ২। (স্বাধিষ্ঠান) মনা ৬ পানবা ৩। (মনিপুর পদমা) মনা ১০ পানবা ৪। (অংহত পদমা) মনা ১২ পানবা ৫। (বিশুদ্ধ) মনা ১৬ পানবা ৬। (আজ্ঞান) মনা ২ পানবা ৭। (জ্ঞান পদমা) মনা ১০০০ অমা পানবা।

মুংলোন খম্বালগী শমলপ্পা কাংলোন :—

য়াইবীয়োল পথুপ মুংলোন খাল হায়বদি মীওইবগী য়াইগী মশক ওইরবা খৱাইনা থুপ্তুনা লৈরিবা খম্বালগী মশক ওইবা মুংগী খোংলোন ভক্তক অসিবুনি। অসিগুম্বা খবাল হক্তক অসি লালনা য়াইরিরেল শিনবা ( পরমাত্মা ) গী মকম খৱাইনা (জিবাত্মানা) অম্মুম কাখৎলকপগী শমলপ্পা বাবোলনি। বাকয় অসি কদায় কাওবা চুমগে অহংগা কদায় কাওবা মীয়ামা খংনরবগে হায়রবা বাকয় অহংমদি ওসি কাওবদা কনাগুমবা অমং অহৈ অমত্তনা চপ চাবা পাওখুম পীনবা ঙমনদ্রে। নোংপোক নোংচুপ অনিগী বিজ্ঞানীশিং অমসুং যোগীশিংনা পাময়ৈ কয়ানা মসিগী চপ চাবা শক্তম অমা উৎনবা কন্না হোৎনরী। থিজিন্নিবা অন্তরকাত্তিগী অখং অহৈশিংনা খমবালসিগী অঙকপা শক্তি অহুদি খংবা ঙমখি। হিরমশিগী শকনাইবা অমত্তং পনবা তারবদা ১৮৯০দা হিরমসিদা খোজেঙ পাইছনা থুং খাখিবা Germanগী Sigmund Frued হায়বা অশৈবা অসিনি ১৮৫৬-১৯৫০

মহাক্না মহুত্তী Psychoanolylis তা পাপী অনি চিঙ্গাক চিন্দিমবগী ( Senualarge ) মরমদা অক, ফক্তা, ইথৌলাং-বনচিংবগী হিরম কয়া কুপ্পা নৈনরম্মী। মরমসিনা মহাকপু psychoanalylis কী মপা হায়না ঙসি কগৎনা শিংখাবৈ।

মহাক্না Victoria না পানবা মতমদুগী ওইবা চৎনরোল কয়া, লৈশা পাখংশিগী লাইশং (church) মক্তা, মখোয়গী অপাম মুংশি কয়া কুপ্পা নৈনববা ভুংদা মুংলোন খমবালগী

রাখল্লোন অসি শাগৎপকই।

মুংলোন থম্বালগী রাখল অসি তন্ত্রা শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না পা পী অ'নগী পুক্সিরেম্নগী লোই হায়না শিংথাই অহনা কুণ্ড'লিনীবু the serpent power নত্রগা coilpower নত্রগা creative sexual energy হায়না কৈ ই। রাকম অসিবু কুপ্ন নৈনবরা মহ'ক Sexual union is the root of supreme crertive energy the will life. Tantra mantra অদো পুক্সি ভাংকম পুন্নমক কুপ্ন থই।

তন্ত্রা শাস্ত্রগী মতুংইন্না কুণ্ড'লনীগী লৈকম অ'স অহাঙ্কা থম্বাল থাথোং (anus) দগী খুদোল অহুম হায়গৎলগা খুদোল অহুম্নোম পাক্না হায়রপ ত্রিভুজ মওং মান্না লে। মসি অঙাংবা অমস্তুং অঙোবা মচুনা লৈতেংই। মসিবু অ ধার চক্র কৌই, হায়না Tibetan শিংগী যোগগী অথ্‌প্পা লাইরিক্তা বরম্মী, অহুগা হিন্দু পণ্ডিতশিংনা মূলাধর চক্র হায়না শিংথারম্মী।

হায়রিবা কুণ্ড'লনী অসি তুমিন্না লৈরম্বদগী মতমগী মতুং ইন্না লৈরিগী মতৌগুম হোৌগৎলকই। মতাং অ'সদা মীওইবনা নিংথিজনা হৈজশিংজনা ঙাকচবা (Control) তৌমহোৌত্রবদি মহাক অদো খুদোংথিবা কয়াদা তাই। মরম অসিদগী তন্ত্রা শাস্ত্রদা মসি ঙাক্লবগী চাওরবা লম্বী অমা তাকপগা লোইননা মসিবু পুথৎনবগী রাকমম্নু নৈনরি।

নেপালী পণ্ডিত অমগী রাকম গুন হায়বসিদা মশাগী হোৎমজমন য়াওদবা ঙকয়া য়াদে মরমদি মহাক্না লান্না চৎলরবদি

(কুণ্ডলিনী) শক্তিনু থুরুনই।

কুণ্ডলিনীবু যোগে হায়রিবদি অহানবদা অক কঙ্ক কুপ্পা থংবে ত্তাই। খ্বাইদগী মক ওইবনা হকচাং কবা, থগ্নোয় লাকশিনবগী শক্তি লৈবা ওইশদবনি। কুণ্ডলিনী যোগগী মতমদা খুপীবু ইকাই খুম্নদবনি, কলক মিহোৱা (animal possion) থাদোক-কদবনি কলক মিহোৱা হায়বসি খ্বাইদগী শাথিবা য়েক্লবনি।

. থুংগোন থম্বালবু (কুণ্ডলিনীবু) হৌদোকপা মতমদা অহানবা শাক্তেনি শ্বরগী মতাংনি। অয়াম্বা মীওইনা শ্বর অসি নোংমদা ২১, ৬০০ লোম কোয়ি। কনা অমত্তনা শ্বর অসি শাংনা অথদি ত্তপ্না কোন্দুনা পুক্সিগী অশেংবা কান্নবগী থৌরাংহ ত্তৌনদে, থংহ্নু থংনদে। মীওই থরদি শ্বর কি, কা, কি, কা হোন্দুনা ইচেন, থগ্নোয় অমম্বুং কোকপু ওকসিজেন খাংহন্দুনা মত্তবা কয়া থোকহল্লি।

খ্বাইদগী লাইবা পাম্বৈনা শ্বর শাংনা চিংশিনবা ত্তপনা হোন্দোকপা অসি শায়হনা, নিংশিংবগী শক্তি হেনগৎহনহনা pranayama তৌগদবনি। prana হায়বদি (শ্বর) থুংশিংবী শক্তি নত্রগা পুক্সিগী পাঙ্গল হায়বনি।

ayama হায়বদি ঙাকপা (control) লাকশিনবা হায়বনি।

Pranayama অসিদা তৌগদবা শাক্তেনদি শ্বর শাংনা চিংশিনবা, ঙাইহাক অমুক থিংবা ত্তপ্না অমুক থাদোকপা অমুক লেপ্পা অসিনি।

মরুনা পা-পীগী জিবনি শক্তি (Sexual energy) অমনি মখোয়গী থাক্ৰা থরি লৈনৈ মরম অদিনা অমা চাকপা (control) মতমদা অহমম থা কাইরে। মরুগী শাজেন ভৌবা মতমদা পুক্নিং হকচাং অমম্ভুং জিবনী শক্তি (Sexual) লোয়ননা নিংশিংবগী শক্তি, মহুৱা চম্মগী থৌনা, পুক্নিং কাজিনবা, অভাওবা বাখল থাদোকপা পুম্নমক চমই।

# করম্না স্বর সাধন তৌগনি ?

স্বরগী শাজেল হায়বসি মায়া মকওইবা শাজেলনি।

অহাৱদা নাতোন থোক্লিনগনি অহুদগী থোংকম মরি থাংগনি।

১। য়েং থুবীনা য়েংকী নাতোন মথুন মেনগম্নি অহুপা তপ্পা তপনা ওইগী নাতোন্দা স্বর চিংশিনগনি। অম্মুয়া সেকেণ্ড ১০ চিংশিল্লবা মতুংদা চাইহাকতং লেপকনি।

২। অম্মুয়া চিংশিল্লবগী তুংদা য়েংকী থুবী অহুনা নাতোন মথুলশিংহু সেকেণ্ড ১০ মুক থিংদুনা থমগনি।

৩। মথংদা তপনা তপনা য়েংকী নাতোন মথুল অদু থা-দোকপগা লোয়ননা স্বর হোন্দোকনি। ওইগী মথুন্দি থিংগনি সেকেণ্ড ১০ মুক হোন্দোক্লবা মতুংদা হায়গুম অমুক সেকেণ্ড ১০ থিংগনি।

৪। অকোপীদা থক চিংশিনশিংবশী ইবৌ শাক্না থত্থনা হাইজরুর্ম লেকেড ১০ থম্মক চিংশিনগনি।

অসুমা ১০ মণী ২০ লক কাওগা হকা হবা শাবগনি। হাযবিবা মতং অসিদা অসুম অসুম হেনগংলক্পদা ৩২ (কুন-ড্‌লিথোই) কাওবা শাবনি অদুগা থক চিংথোক চিশিন থিংবগী নিয়মচিংবা অসিদু লেকেড ৩২ কাওবা হেনগংকনি। লোয়রবা ওঁম হাযবা বাহৈ অসিদু লেকেড থুনিংগী হাযগনি। মসিদু ৩২ বক হায়গনি। হাযবিবা বাহৈ অসিনা থবদা বায়া কাময়হল্লি। অদুগা থগোমদা অকায়বা পীদে, মসিনা থগোমবদা থোংচং লেপহনদে। কনাগুমবা অসুমা হায়বৈ থগোম অসি থিংবা হেংবদা থবক তৌবা উত্রবসু যাগী থবক্তি লেপতে। Dr. গী stethescope না থহবা উপত্রবা, মন্ত্রগা যাম্না শক্তি লৈবা phonoscope না তাবা উপত্রবসু মাগী থবক্তি লেপ্তে চথহনা লৈ।

যন্ত্র সাধনা হকচাং কহল্লি, মমথ হৃৎপিণ্ডা নমনা চাবা ছুমহল্লি, হকচাং হংগাইহল্লি, অমৌবা থৌনা পোকহল্লি পাক্কল লৌশিং হেনগৎহনলি হায়না Ernest wood না মাগী লাই-রিক Great system of yoga দা ইরি।

Tibet কী তথা হৈরবা লামা হাযবা বোম অ মনা মাগী কুণ্ডলিনীগী শক্তি অমদি Tammo হাযবা মহাগী পাক্কলবা (magical) হকচাং অমি শাগৎহল্লুনা উন যবক্কা কোং ২ শাবা লৈবা ওমই।

স্বরগী শাক্তেল অসি চাং নাইনা চুমনা শিজিন্নবা মতমদা চুমনগী হকচাং অমদি থৌনা হেনগৎপদা নক্ষনা খা অহুম কক্সনা চুম্না হোনবদা থম্মোই অঁস তশেং তশেংলকই। থম্মোয়গী থংবা গুণগী শক্তি হেনগৎলকই, মসি তশেংবদি অশেং-বা লুংশিংনা মুলাধর পদমাদা য়ৈবা মতমদা থম্মাল অসিগী শক্তি হেনগৎলকপদগীনি।

স্বর শাধনগী শাগৈনা লুংলা লৈরিবা থম্মাল শং অ'স অমগা অমগা মরি নকনরকই, লোয়ননা থাগী থম্মালদগী কুণ্ডলিনীনা অহুম অহুম কারক্‌না অরোইবা জ্ঞান পদমা কাওবা কারক-নবগী মরু ওইবা পন্দম অমা ওইরি।

ঐখোয়না চাং নাইনা স্বর শাধন তৌবগী মপাম্না থৌনা লৌশিং হেনগৎপতা নত্তনা গুন অহুম মথং ২ ওইনা অহানবদা তমগুন)Sluggishness) মথংদা "রজ গুন" (Restless ness) অমম্তুং অরোইবদা 'সত্ব' গুন (Orderliness) অসি কংব ওমই

অয়াম্বা মীওইনা স্বর তৌনবা মতমদা শাংনা অমম্তুং তপ্না হোন্দুনা ঐখোয়গী থবোক্তী অসিদা লুংশিং অশেংবা লৈহৌনব হোৎনদে। মসিনা হকচাংদা অসেংবা ওক্সিজেন য়াম্না ৱাংলকই অমম্তুং শাকল থম্বরকই। কুণ্ডলিনী গী শক্তিস্তু য়াম্না হস্তরকই হায়না আজিত মুখার্জিনা মাগী লাইরিক "তন্ত্র অ.সনা" দা ইরমই।

শ্বর হোৎশোক হোনজিন অ'সিনা কুণ্ডলিনীদা য়াম্না কনবা ইথুন অমা পী। মরম অসিনা শাধন অসি পাপী অনিগী বাক্রী ক্রং্যাদম্ মানা কাপ্পহুল্লি। হকচাংগী মফম পুম্নমক শিন থুংনা কাম্নহুল্লি।

অসিগুম্ব:'সাধন অসি য়ামনা মুনা থল্লবম্ থোইদোক্লা কা হেনবদি রত্তে। য়ামনা লাইন লৈমাইদা ফক্লা নক্লগা ক'র-গুমবা অমগী মথক্লা ফমলগা নক্লগা হিপলগম্ শাম্নবা য়াই। শাম্নবা মতমদা শ্বর হোৎশোক হোজিন মুংঙাইনবা কিরোল কোম্নহনগদবনি। শ্বর চিংশিনবা মতমদা থবাক, পুক অসি মুংশিং হেম্না চংহন্দুনা চাংথবহনগদবনি। সেকেণ্ড ১০ শ্বর থিংগনি। অম্নমনা সেকেণ্ড (১০/১০) থিংবা অমম্ থাদোকপা অসি তরারক থোরবা মতুদা অমুক মিশিত মথাই অমা পোৎ-থাম্নি অতুদগী অমুক হোৗগনি অম্নমনা থং-থংননা ৩লক তোগনি।

অ:ত অতোপ্পা সাধন অমতা য়াওদনা শ্বর সাধনতগী পাম-বৈনা থাগী থমবাল (মুলাধর পদম।) অসি য়াইফহনবা য়াই। অমম্ুং অতুম ওইবা শ্বর সাধন অসিগী শক্তিনা য়াইবী (কুণ্ড-লিনী) না অমুক অম্নম কাবকুনা (rise) স্বাধিস্থান হায়বা থমবাল অ স য়োরকই। মতাং অসিদা থোনা পাজল হেন-গৎলকই, হকচাং ফরকই, কয়াং খুদিংমক মকা লামলকই। মতম অসিদম্ সাধন অসি অমুক্তা হেনগৎকবদি স্বাধিস্থান হায়বা থমবাল অসিগী য়াইবীনা অমুক কাথংলকতু। থোই-

দৌ থমবাল (মনিপুর পদমা) দা চংলকই।

মতাং অসিদদি মহাক থকুনবা সাধনা লৈবা তাই, অপাম খুংলি অমম্তং তগংকী কলক মীহৈবা পুমনমক থাবোকপা তাই। রাকম অসিনা থোইদো থমবালদগী য়াইবীনা অমুক কারকনবগী ( roise ) লমবীনি। অম্তুমনা থকনবা সাধনা লৈরবা মতমদা য়াইবানা (কুণ্ডলিনী না) আনহত পদমা (থমোয় থমবাল) য়োরকই। মতাংসিদাদি মশা মউ কররকই, লাইবক (lucly) কররকই, উবা তৎবগী ( vision ) শক্তি লৈরকই। থাগী থমবাল অহুম মিংশিংবা তৎলকই।

অম্তুমনা আনহত পদমমনী থক্তা য়াইবী কারকনবদি মহাক অদো তোঙানবা মী অমা ওইরকই, অফ কত্ত অচুম অয়াবম্মা খেংলবা লৈরক্লে মহুগী রাংমদা লৈরকই। মতাং অসিদা কচাং খুংগী থরাল কাংলোন লোইরে। অহুবু মহাক অহুনা সাধন হেন্না তৌজহনা খৌরিদা লৈবা ( Adams apple ) বিশুদ্ধ কৌবা থরাল অসি য়োনা য়াইবীবু পুখংচবা তঝলবদি মহাক মী লকগী অখোইবা ওইবে। মিংনা উদবা খুংগী রাংখলগা রাগী শাবা তথ্মী। মহাক তোঙানবা ঈশ্বরগী মপাও তাবা তমই। মহাত্মা গান্ধীজী হায়রিবা থরাল অ.স থৌনা সাধন তৌজবদগী থম্বোয়গী মপাও মদোম তানবা তবদি।

"The Discourse" হায়বা লাইরিকসিদা Dadaji না হায়, অসিগুম্বা বিশুদ্ধ হায়না কৌবা থরাল অসিলামথংনা আতোন কৌবা পিতম অনিগী মরক্তা লৈবা ( Pea-size ) অমৃত

থোকপা মকম অ'স য়৷ৌনা য়াই ইবু পুথংবরকপা ঙমলবদি মহাক অদুমক্তবা মিংপানবা থোইদোকপা জগংকী রা মদা কৈরবা মতম অদুম উথা ( ত্রিকাং দর্শন ) হায়বনি ওই। মহাক চাং কয়াগী তুংদা ওইরক্রদবা অমদি লাপলবা লমদমদা তৌবা থুদিংমক থংবা ঙমই।

হায়রিবা আজ্ঞান পদমা অ'সদগী সাধনগী শকতিনা য়াইবী রেমা কাখৎখিত্রনা জ্ঞান ( sahsrar ) ( লুবেন থম্বাল ) পদমা য়৷ৌবা ঙংলবদি মহাক অদো মীওইবগী রাংমদা লৈরে ওশেংন সিদ্ধী (halo) ফংলবা হায়বদু ওইরে। মচোক্মা জগৎ অ'সগী রাকম ৎংলুবগী কাম্নবরে। লাইগী ওইবা মওংদা তৌগে হায়বস্তা ঙমলে। মহাঋসি গৌতমগী অরোইবা শরুক্তা হায়রিবা জ্ঞান পদমা ( Sahsrar ) হায়বা অরোইবা থম্বাল অ'স ফাওবা সাধনগী মপাম্না য়াইবীনা য়াইবীরেনগা ত্তিন্নহন্দুনা তাইবং ফ ওখি।

লোইরবা